(অনিশুবা শরুক)

ময়ামগী

ক্ষেত্রি চাওবা

চীংঙা মখা ক্ষেত্রী লৈকায়

[সত্ত্ব পুম্নমক অইবগী]

মমল লুপা কুল (২০-০০)

পুখোৎকচবা — অহৈবা ৫১১

লাইব্রিক শকমাই য়েকপিবা :— ডংখেলবম থুংশিখোই মিতৈ
ডংখেলবম লৈকায় (R.M.C Rood)

শকমাইবু লমজিংবা থোৱম থোদা য়েংশিনবা :
কোইজম ইন্দ্রকুমার মিতৈ (R.M.C)

অহানবা কোংবা : তাং ২৮ ৮-৯০.

কোপী মশিং —



ফংফম :—

(1) ও.কে. ষ্টোর পাওনা বাজার

(2) মণিপুর সাহিত্য পরিষদ ইম্ফাল
পাওনা বাজার

(3) S.S. Brother.s Store
R.M.C Rood Imphal

Price checked and found correct
entered in the Accession register
vide Accession No. ... ... ... .
and the bill for Rs. ... ... ...
may be passed for payment.

# তেংবাংবীরকপশিংবু নিংশিংজবা

ইহান হেক হুমশিল্লকুতনা লৈতাক্লোন শৈরেং অহানবা অমসুং অনিশুবা শরুক্তা তেংবাংবীরকপশিংবু অমত্তা ওইনা থম্মোয়দা কোনশিল্লরি।

ইনিংবা ইথিল অমা লাকখিবদগী শৈরেং মচা কয়ামক্লম খোরি খোরাঙ্গুম খোংচিল্লরুবা শৈরেংশিং অসি ময়াম মমাংদা ফোংদোক্লিংবা ইনিল অমা ফাওরকখি অত্তুবু খুংকী খুইনে বনান পাবদা উচ্চারণ পুম্নমক অসি খল্লুবদা ঐহাক ইথল্তা পংইদা ইকায়জে অত্তুবু "ইকায়বা হায়বা অসি হৌদোং মচাংক চাউত্রা" হায়বা অত্তু খংনিং নিংশিংলক্লুনা পুম্নমক থাদোক্লমলা ঈশৈ নোংমাই খরা খরা শকচবা লাইরিক লাইশুদা মথরায় য়াওজবা শ্রীপোংশংবম বাবু ললাম্বুংদা লৈবা অমসুং মহাক্কী মরুপ মপাংশিংদা বনান হাহৈ হাতা ময়েক মশোন খংদবশিংবু চুম-থোকপীনবা ছায়জরুবদা হরাউ হরাও য়াবীরকপশিংবু থাগৎচরি। মথংদা ঐগী ইয়াম্বা শরুবা শ্রী তখেলম্বম বাবুধোন সিংহ অমসুং শ্রী খাত্রাকপম ইবোবী সিংহ [illegible] লাইরিক ওইনা মিৎয়েং তাবিহুনা উটসাহ পিবীরক[illegible] কাউজবা লৈজদে।

ঐগী ই[illegible]পানা পোকপা শ্রী প্রদিপ কুমারনা মপলগী খুৎই লাইরিক অয়াম্বা শিন্দোক্লুনা মরাম্না পাবদা খু-লোয়্যুনক্তা হোৎনজখিবা ইচানি।

পুম্নমক অসি [illegible] পাঙ্গল লৌশিং পিবীরকপা "পদ্মশ্রী" ফংলবা শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিং, শ্রীয়ুমনাম মোহেন্দ্রো সিংহ মোইরাং কলেজ প্রিন্সিপাল, প্রোফেসার শ্রীচোংথাম ইবোতোম্বী সিংহ ললাম্বুং মখোং, শ্রীক্ষেত্রিময়ুম মঙ্গী চিংঙামখা ক্ষেত্রি লৈকায়দা লৈবা অহল - লমন মরুপ-মপাংশিংগী মফমদা শিংঙমত্রবা লমন ভোল্লে হায়না নিংশিংজরি।

UNIVERSITY LIBRARY

লৈদি লৈতা 'ময়ামগী' সেবা ফংনিংবগী অতিরিক্ত ফংনবা পৈশা খরা খরা মিঙকরুবদা মতেং পাংবিরকপশিং :— ১] মণিপুর এডুকেসন ডিপার্টমেন্ট (S/E) লুপা ১৫০০/– ২] শ্রী মৈস্নাম লালজী সিংহ কৈশামথোং তোপ লৈরক্তা লৈবনা লুপা ৮০০/– ৩] শ্রীয়ুরেম্বম নীলবীর সিংহনা লুপা ৩০০/– ৪] ঐগী মরুপ মরবারী বছরাজনা লুপা ৩০০ ৫] ইনাওনুপা শ্রীলুক্রাম শরৎ সিংহনা লুপা চানিপান [লুপা ৮০০] R.M C. ময়াদা লৈবা ৬] ঐগী ইনাও শ্রী প্রহ্লাদনা ময়াম্বগী দমক লুপা লিশিং অনি (লুপা ২০০০.০০) শ্রীমতি অহৈবম শংবী লোরেম্বম নিংঙোল ইনাও মুপী বিনো দেবী থাংমৈবন্দ ললাম্বুংদা লৈবনা লুপা লিশিং অমা (লুপা ১০০০.০০) অমসুং ইশেন-মুপা শ্রীলোরেম্বম ইমোবা সিংহ (দাস), মনাউমুপা বীরেন সিংহনা অঙম্বা মতেং কয়া শিংথাবা ঙম্বা নত্তে অশুম্বা ময়াম চংহনা সেবা ফংহনবীবগী দমক অপেনবা ফোংদোকচরি ।

অরোইবদা :– পোৎথোক অসিবু পুথোক্রবা হোৎনবদা

ৱাবিরিবা প্রেসমেন অমসুং ইডিটরশিংবু অমুক হেন্না

ইকায় খুরুমজরি ।

(১) শ্রীইবোয়াইমা সিংহ ইডিটর জনতা,

(২) প্রোপ্রাইটর ইউনাইটেড প্রিন্টিং এণ্ড চৈম্নরি ৱার্কস

আর, এম, সি, রোদ, ইম্ফাল ।

ময়ামগী —

ক্ষেত্রি চাওবা

তাং ২৮–৮–৯০ ইং

# -য়াওফম তাক্পা-

# কঙ্চবা

কোরৌ নোংদোন্দা ঙাম্থোয়রিবা কোরৌহেবা ইবুংঙো
মুরিং কোটি কয়াগী মপুরোইবা ও,

নহাক্তি শলাই পুম্নমক্কী শলাইরেম্নি
নহাক্কী শায়োন লিলানি পুম্নমক
ময়েক পুম্নমক্কী মপী মপানি
থমোয় লকাদা লৈরাং ইছুল তম্লিবা।

লৈরাং লৈরিক চুমত্রবস্থু থারোৌবীমু
নহাক্তি লৈয়োন কয়াগী ময়োম্নি
চোংনিংবা লৈয়োন লৈশা চোংঙম্বনি
লৌরক্কী খোইথুম্নবা কনানা ফংঙমনি।

ভক্কাশিংতনা নহাক্কী রস চুপচরি
অগনি গন্ধ লেহাউ লৈনমদো
মফম পুম্বদা কোয়তান তাম্নরি
লৈরাং লৈনম ফংহনবীয়ু তোল্লববু।

---

লৈঙাকলোন শরেং
অনিগুবা শরুক

# " চক মরি গুমদাই মরি "

শোং সত্য সত্য সত্য যুগ ;
কোরৌগী মশেক মঙাম্নি মালেমসে,
তাইবং-ইপা ঙ্গা তাওররে ত্রেতা যুগ ;
জীবশিংগী চংজফম দুৱাপুর যুগ ;
কলক কঙ্গাওনা থল্লবা কলি-যুগ ।

কোরৌগী মশেঙ্গী সনামহি লাংওল্লি ;
মহীরেম্না লাইজ ইপাল লাংইদো ;
থৱাই মিংলেন্ মিতম্বারে লৈময়েন ;
পোরম, পোমাই হাংবীরে লৈকাফন,
কলক-য়েংথি মৈরা-হৌরক্লে কলিযুগ- ।

ৱা-কায়রে ঈশিং চংলে
লৌশিং চাওবা ইপা-ইপু থ্ৱপখরে
" হুংশিনৌ অচুম্বা চৎনু " ৱাতেঙ্খীরম্মী
" পুমিন্নবা য়াংবনি চামিন্নবা হাউবনে "
" হু তরেৎ খাবনি নত্ত-ওইদবা " ।

" যুগ মরি কাউগনু
মায়কৈ মরি নিংশিংঙু
নাক-য়েৎ তুং-মাং য়েংঙু "
থক মখা করি কাওফদে

## লৈঙাক্লোল শৈরেং
## অনিশুবা শরুক

খোংকম অহুম ফিতুপ-মরি
হাপ্পা মরিনা থা—অমা
থা তরানিথোয়না চংনরোল অমা
চংনরোল কয়ানা যুগ অমা ।

ইমাগী গর্ভ হুংদা
হিরী কোন্দ্রনা সত্য পালন
হুংঙাই য়াইফনা য়াতাবা;
করি লৈবা অতোপ্পা ।

অঙাং নবা ওইরিঙৈ
করি খংদা তেত্রা—যুগ
লেল্লুরে নিংঙমদে মতমদো
ফংলরোই অমুক হন্না ।

প্রেমগী খোংজিন্দা থ্রংলরে
হকচাং হুংগী তুব্বাপুর
কাম্নদ্রবা কেম্নবা কলি যুগ
কোইপাই পাইখ্রনি মালংদা ।

কুম কয়াদি ছোথরে
চক কয়াদি চংত্রি
চক—ঙা, চং-সি—চং
শিরগত্রা অশুম অশুম ।

লৈঙাকলোল শৈরেং

অনিশুবা শরুক

কলি-যুগ কয়া কংদ্রি
দ্বাপুর কয়া থোং হাংদ্রি
সত্য ত্রেতা অমতা তং তাদ্রি।
লৈরি মতম কন্নবা।

লোইদোরি কলি অমতনা
মৈরিকপিদগী মৈজাওবী হোৌদোরি
তাঙ্গোয় তানা কাদোরি।
উং-রায়গুম ওন্দোরি।

অমং য়াইথোং কুমদোরি
মৈতান্না মাথৈদোরি করমনো
প্রেমতনা লাইজ-ইপাল লাংবীয়ু।
হরি মাতনা খংবা উবনি।

---

## "মাংখিবা মনি অনি"

ধর্ম্ম কর্ম্ম খঙবা শাস্ত্রীজী
লাইর ভারতকী মাংখিবা মণি
নোংহেনবা চারানা নোংদম্বনি
চারা কয়ানা লাইর চাদম্বনি।

## অনিশুবা শরুক

অর্থ শাস্ত্রনা কপচগুম ফুদোংলা
ভাস্কেন্দ চুক্তিদা করি নুংনাংবা
করি-লৈতা থৌরমদা নিংঙমদা
পারা অমা ফানবা চৈরাক লিংবা।

য়েংজনিংখিদো লাল-বাহাদুর মথৌনা
নোংশাগুম মগুন লৈবা মীথোয়বা
শুভাচন্দ্র ভারতকী অথৌবা কৈ
কৈরেন কৈজাও অনিগী মতিক্তো।

পাম্মুইদা উৎপিরমদে অনিগী মঙাক্কো
খংখিনি উখিনি মতাগুম লোৎখিবা মণি
ঙালম্নবদি মঙাল মমলম্নোই ভারত
রাম-কৃষ্ণ কনানো খংলমগনি।

কুবেরগুম্বগী মচাইবুংঙো শুভাচন্দ্রনা
পৃথিবী থুংনা চাক্লি ফি নিরুবা
নিংঙমদে নিংঙমদে লাইরবী মমাগীদমক
শক্লোন কয়াগী শাথেক্লা শক ফোংবা।

কোলোয় মিংলেন পনবদা পীরাংলিবা
মরৈবাক মজাতিগীদমক থৌনা পীঙম্বা
মীনাই য়োৎহ্লাং লায়না থৎঙম্বা
নোংশাগী লাল্লাউদা বৃটিস মিপাইবা।

লৈঙাক্লোন শৈরেং
অনিশুবা শরুক

লানগুম কিরাল যুংখীরম্বা মনিপুরমদা
মমা-লৈবাক পোকননকম ফংঙম্বদা পেঙ্গবা
ঈশিং-মুংশিং লাম্দা ইন্দ্রগুম্বা ইবুংঙো
শিবা-চংবা খংদনা শক লোৎলিবা।

---

# " শমু মরি তৎ "

হৈপাল-লৈপাল উরি-বারি ৱাতাবৈ
নীগু-লাইগু লাইফাও ভিনকাওবৈ
লেংলি-পাল্লি পুম্নমক পোকশিশি
জীবগী কান্নবা ঈশ্বরনি মাংহনবা মীভোপনি।

খম্বালম্বু থিংঙেল খিংবদা হাম্না
কুম্না মম্লুং চং, শমু মরি তৎ
গমভীরশিং নরশিং অওম্বদা লৌনমবনি
মনাই পুর্ণামশিংগী কলক মিহৌনি।

পংহায় হায়বৈ, পংকোৎ কোৎবৈ
পেং চোইয়ে পীবা, পদংনয়ে পনমাংদা
মালং খোংগাউবৈ অহূনি অদানি
খংনা খংনা খংলিরদবা ওনথোকপনি।

---

# কাং খোং চাইবা

লৈশ্রাকলোল শৈরেং
অনিশুবা শরুক

উটনা শাহীং-তিংখং শগুপ শাইগুম
নোংমৈ-গুলি অরং অরাক তান্নরি ।
থাংতেক-মুংতেক করি মীহৌবা
করি তুমিন তুমিন পৈশিন্নবা ?

লোলাগুম-গাধাগুম করি কোইচেন
নমদা অচৌ-অশাং শাগৈ কারন
হয়েং-মপোক হুই হৌদোংগুম
তুমিন তুমিন করি কোইচেন-চেন ।

শরু-শয়াং শাইরনি শোয়দনা
উংথি-রাইথি মরক্তা য়াওন্না
থোয়না হেন্না তাথি তাওইখনি
মপুনিংরা হুইরোই শারিবশা ।

ইনাং-মনাং, ইথুন-মথুন
খোলৈ-খোন্দা, খোইজেন-লিংজেন
হৈ-লৈগুম মগুং করি তান্নরি
শেংনরি শায়নরি হিংচা-চানরি ।

## অনিগুবা শরুক

অহাঁনবদা ধর্ম্মদা লান্দাখো
গুমাং খেল্লোং ভেমখোকখো
লাইনিং-লাইশোন চুমথোকখো
লম্বী ফাংখো লময়ানখো ।

ইশা নশক খংনা
খুত্থুম চেংনা খুজী পায়রা
য়াজোয় শগোল থৌবীয়ু
থোয়না হেন্না হৈথোয় শিংথোয়নি ।

খংলা উরা গানধীবা পায়গুম
অচুম্বা লানফমদা মাইওনবীয়ু
মাংলা তাইবংনি ব্রহ্মাস্ত্র কাপ্পীয়ু ।
ফত্তবা পুম্বা তুম্না কাপ্পীয়ু ।

কাপ্প. কাপখ্রবদি শোয়ক্রবনি
জনতা ওইবা মুংশি প্রেম
থম্মোয় লাইয়ুমদা চেঞ্জেং কোন
ভংনা থানবা য়াদ্রবা মফমদা ।

লৈঙাকলোন শৈরেং
অনিশুবা শরুক

# মৈতৈনি মৈতৈ

নংসে ঐগীনি
ঐসে নংগীনি
মৈতৈনি মৈতৈ ।

নংহাক ঐহাক অমতনি
ঐগী থবাই নংঙোন্দা
নংগী থবাই ঐঙোন্দা ।

লুপনরি অমনা অমদা
মুংদা কুমথুনা থম্মরি
হৎনা থানবা য়াদনা ।

মুংগী মুংশিং শিংলি
হায়না হুমনা য়েল্লি
মুংশিনা অমনা অমদা ।

( — — — — )

লৈঙাক্লোন শৈরেং
অনিঙবা শরুক



# নহনফমদা হল্লো

নহনফমদা হল্লো
নত্তেফমদা হেল্লো ॥
করম্মা হিংনি
করম পানগনি ॥

মরু ফুক্লা ভলা পামেন্নি
করম্মা ময়োন চোংপনি ॥
ধৰ্ম্ম লৈত্রবা সমাজনি
নৈহৎপীরবা অঙম্বশিংনা ॥

মুশি-মুশিরবা পোদোনগুম
মুৎখিদোবা ঙায়হাক্তা ঙায়রে ॥
করম ওইরকপা
কদায়দা কাইদোংবা ॥

মহাক্তনা পিনহৈবনি
মহাক্তনা পুম্নমক ঙাকপিবনি ॥
অকবা ৱাখল অচুম্বনি
লমকৈ ৱাখল অরেম্বনি ॥

( —— —— :— – )

অনিশুবা শরুক

লৈজবা য়েনবনা,
থম্মোয় হাংদোকপানি;
পাজল লৌশিংনা তেংবাংবা
লৈতে অমা অমুক।

অক্ষবতা মথনবা
অচুম্বা ধর্ম্মনি
অসি পুম্বা খংলা
থম্মোয় শাস্তি ফংইদো।



# হৌনা লোনচৎ

খ্বাইদগী কুইরবা খ্বাইরমবন্দ কৈথেল
খ্বাইদগী কুইরবা খুরাই কৈথেল
য়াংবী য়াংদোং য়াইস্কুল লনজাওদা
থবী-থাবা এহৌরূপ-নহারুপ কমদোল্লিবা।

খ্বাই তরানা খংনরি লৈমাতোম্নি
খুরাই লৈমা পাম্বোয়বী শিজা
য়াইসকুল লাকপা য়ারোই অহঙ্গ
পানা ফম্বাল কাননরি অথেন পোৎ।

## লৈঙাকল্লোন শৈরেং

অনিশুবা শরুক

পানা মরি শুমদাই মরি শকথং মাইথংনি,
থকশি-থাশি চংনখোক ভাশিন উশিনগনি;
লমমিং তুমিং য়েংনা-ওইনা থংগনি;
ভাঙাং শঙাং ফিজেং-চাকচা হৈগনি।

ফুংগা ফুরূপ লিংহুনা
লৈকায় শিংলুপ শেমহুনা
পানা পনমাং থেক্লনি
লাইগুরু শকথং-মাইথংনি।

চাকচা ইথক ফজনি
ফিতুপ চাথুপ হৈগনি
হৌনা লোনচং তমগনি
ম্না-ঙাং-শংঙাং লুগনি।

---

## করিনো করি হায়বনো

কদায়দনো কোইত্তান তানরি হোবে হোবে
কৈদোইডা ফওনলোই হৌজিক হোক্লেন
"করি কমদোবা, কনা কনানো?"

## অনিগুবা শক্লক

কোইচেন চেল্লা কোইহং হংলা
করি ফংদনি মহাক অদো
কদায়দা লোংকনি চংকনি কদোমদা ?

অমম্বা ব্রাখল কোক্লা
অঙানবা মফম অত্নুদা
ইরুং দংনা লৈরিবা।

হীয়াইবু কোন্দনা মালেমথক্লা
ওন্না খোয়না দুংশি ইপাক্তা
মালেম শৈথারি য়াইফ পাউজেল পিরিবা।

অমতনি খল্লিবা মী মহাক্তা
কায়নবা ঙমদ্রবা কন্না অমা
মহাক অহু মহাকনি মহাকনি॥

অনিশুবা শরূক

# " বারুনী কাবা "

কুমশুল য়েনিং ওমলকপদা
লৈরাং ইছল হুনবদি
মপু-মাগী খোঙাল ইরিক্নি
পিরবীদু' [illegible]' মরিক অমত্তু

[illegible] ফাবনি [illegible]
লোৎপনি অচুম্বাবু অমম্বদা
মাঙনিংতি শানবনি অমম্বদা
কোংনা কাগনি বারুনী।

অথাংবদা মতান-মশেক লৈবনি
মাংলা-মাংলা মাখল লৈবনি
পজেন্না মুংশিবদি চীঙ। মখাক্নি
চীঙ-বারুনী মালেম মপান্নিনি।

বারুনী মুংশি-শকুম অঙকপনি
উখিনি মতাঙুম অহিংদা লাইশাবা
করি থংজি হৌনবীনি কারি
মোন্নুং শামরি মুংজাওনি-চীংজাওনি।

অনিশুবা শরুক

প্রকৃতি-খুৎশেম করম উঙমনি
মমলা হেন্না ভুরোই ঙারোইনি
হেন্না হেন্না অপংলাই ল্যাইচুনি
চীঙ মহাক্কী চেংলো শক্তম ইল্লাংপীয়ু।

অহিং তাংলো অথেংবদা করি বম
চীংজাও শুরুংদা কনাগী খুজুম
অচং কনাগী মীরেন্না মিতমলিবা
কন্না কনাগী অহুক মুংজাওনো।

( — — — — —)

## "খবর খবর"

ঐগী চোইরোন চেক্যোংদি মহাক্কী খোঞ্জাজি
অদোমগী অহুদি অহুনা চানবীবা নম্না
মাল্লৌদ অমোয়াা অসিনা খোঙনবীয়া।

অমতা মান্দে মহৈ-মহৈ মহুম শানরি
মখোয় মখোয়গী কৈদা য়েংনরি
কন্নিদা বাক্লৌখিক্রা হংজাইনরি কিখি-কিকম।

## অনিগুবা শরুক

ঙাংনিংবা ঙাংদ্রি শক্লিং শক্লি,
চেনা খুদিং মরৌ তৌনরি
ৱাহৈ খুদিং কোচি কোংনরি।

ঐগী কৃষ্ণ শোকপা য়ারোই
অদোমগী দেবরাজ য়েংবা য়ারোই
মহাক্কী শিবা শিংনবা য়ারোই।

য়ামখ্রবা চেক্চোং (লাইরবা-ঙিনবা)
ঐগী ঐগীনা চানবীরগা লোয়রে
ৱাংপা ঙমজরোই অদোমগী অকোনবদা।

নারদ শাবা ঙাক্তনি লিল্লাগী
পেনদৌরি মফি ভাখংনা য়েংলা
কিথি-কিকুম তৌনরি পাঙদবনা।

পেশ্দরে কোংনিংবা নিংঙম ইহৌ
মাংখিগদ্রা চিংনবা ঙমদে মালেমসে
সেবা কংলরোইদ্রা ভক্তাশিংনা জেংঘারি।

অনিগুবা শব্দক

# মংলৈবাক

চংলুই ঐনা মংলৈবাক্তা
তুমহুনা লৈহৌই লোয়না
মথুক্তি তিংথোরকই তুমিন্না ;

হৌদোকপস্থু তাদে য়াবনগুম
সনাগী-কাগোক মথুম হাংদোরকই
লৈমানা চিনগুপশেন থাংদোরকই ।

সনাগী কাগোক-ডোনেসন কোটানি
লুপাগী চিনগুপশেন কলচরনি লৈমগী
মশা-মশানা নিংথৌ মহারানিনি ।

সনাগী কাগোক্তা খেল্লি হাপত্রবা
লুপাগী চিনগুপশেন্দা মহী হৈত্রবা
মথোল হৌদরে কহমাং খুজাইরে ।

পোংলম্বু গুরা মথোল থোক্লে
ক্রোং ক্রাং ক্রাং লাওই
চোং– চাং চাং লাওই ।

অনিশুবা শরুক

মংলৈবাক্কী মীশিং মংঙাক্লরি
লোয়নমক খাং তপ্পা মীহুল্লি
ইঙাক ইঙাক ইরাক্লরি।

মমিত্তা খুদোনবীনা থিনবা
মনা লৈবা তাদে উদে
অঙকপা মংলৈবাক্কী মীনি।



# মৈ লৌবী ক্ষেরৌবী

উ, উ-উ মৈ-লৌবী, ক্ষেরৌবী;
হাউ-মৈ তোংচাক নৈ-খং।
শুপনম সাসন্দা অচান-মীরাইরে
অহাউবদা শায়খরে শরু-শয়াং লংথোক্লে।

হাও-ময়াং, মৈতৈ-পাঙল মগুং তাবিরে
য়োংনা তল য়েনবীরে, অওক অথোংনি।
মাংই-শেংই, মৈহুম চুবনি মৈতৈদা;
মৈথিঙ্গেনা খিনবনি, চংনবিদা ঙাওনবা।

অনিশুবা শরুক

মৈনা চাক্লবা, মৈশুৎ-নম্বা চৈঙাক্লি;
কায়রবা, ঈশিং চংলবা হীজাওনি,
কনবীদরে হিজাওসে, লুপখিদৌরে ইয়াইদা;
অশুপ্পনা য়োংখিদোরে, হিয়াং হিরেনসে ॥

( — ——— )

লৈঙাকলোন শেরেং

অনিশুবা শরুক

## লৌশু লোইরে, যনশু লোইরে।

কোং-কাঙ, গোঙ-গাঙ, খুলক-ইরক কদায়,
তাবা ফংজদরে নাপদা মফম কদায়,
লৌশু-লোইরে, যনশু লোইরে।

ধম্ম মাংখরে মীনুংশি লৈতরে;
মীহাৎ-মীপুন মীশা-চারে।
ইরোল-ইরান তাক্লে, কাংখোং চাইরে।

লৈঙাক্লোন শৈরেং
অানিশুবা শরুক

লৈজবা পুম্নমক কংখরে মংখরে,
লৈতহনা চারাম চদংলে পুকচংলে
ধর্ম্মসু মাংখরে, চাখাউসু শুদংলে

---

## চৈরাওবা

মালেমগী কুমশুন পালোনশি,
পস্থোগী কুমশুন লংওনশি।
শজীবু চৈরাওবা চরক-পুজা,
নিয়ু-ইয়ার, ইদকা চাঁন্দ,
হেপী বার্ড ডে, তু ইয়ু॥

অহাংবা মালংদা মালেমা মদোমলি;
কোরৌগী মশেক্লা মঙান পিবীরি;
কোরৌসু অহাং অতিয়াদা ঙাম্মোইরি;
থাজ-মাংসু মালেমগী মমোমনি,
কৃষ্ণ-জর্ম্মা, রাধা অষ্টমী।
শজীবু চৈরাওবা, মালেম কুমওন্নি;
ইদকা চাঁন্দ; থাজ কুমওন্নি;

অনিগুবা শরুক

নিয়্-ইয়াম্ন, কৌরৌ কুমওম্নিঃ
কুমওন অমা লাকপদা কুমদম্নি,
হৌনা-পরে-য়েংনা-চৈথানৈ ।

যালেম্বু উজবা নংগী-থৌজানি
কোরৌবু উজংস্থু নংগী নংঙাম্নি
থাজগী মায়থোং নংহাক্কী ভনৌবনি
কুমওঙ্গরি পেনবীয়ু পলেম অপোকপী
প্রকৃতি লাইরেম্বী অচুম্বদা কায়দোংলিবী ।

---

# কলংকা ভগবান

কলানা কারে, কংলৈ মৈথৈং
কমলচন্দ্রনা কংলে, কংলৈ মৈথৈং;
সংকৃতিনা শাইরে, পুমশাই শাম্নরে,
ছিগোক থোক্লে, যম্না লাংলে ।

পলেম্না পেম্নরে পাইয়া সুংদাং
পিম্নাংনম্নি, মিৎচু ইপোম হৌনাং
পম্বৌনা পামথে, পাদোং কাথেং
থোইদাদরে থোইয়ম্না থমথরে থওনিংবা ।

## লৈঙাকলোন শৈরেং

**অনিগুবা শক্কক**

কানথরে হোৎনজবা, পুম্নমক অরেম্বগি
জগৎ সংসার, লৈকংলা ওইরে;
চৎনখিজা চোংথরে চমুং-চবাঙ;
লৈমা য়েংলিঙৈ খুম্নু কারে।

মথংগী থৌরঙ্গ হায়হৈদে শোলহৈদে;
হৌজিক করি খংদবা তাইবঙ
করি খংদে, থোকউ থোকউ থেংবনি,
হৌখিবা ডাদো, চাউইদা শাংডিদা।

চক্কু কায়রে, ক্লাক চরোই চোংলে,
ময়াংতোন, মৈতৈ-ন্তিলহৌ, কোৎতরে তংদরেঃ
য়ুম্বীরেন শুমচারে, নবা নাহেরে
নাহোং তৎলে, অঙাং-নবা তাম্লে।

( — ———— - )

অনিশুবা শরূক

# মাতৃ প্রেম

মদন-মুহন, মুকুন্দো, মুরারি গোপীনাথ
ভক্তি কৎচরি, প্রেম-আসন্দা লেংশিনবীরু।
অশোক মহারাজ অকবর নিংথৌরোল কয়ানা
মিংচৎ উরোং খিল্লম্বী পোকনফম লমদমদা

হরি ভক্তি লৈবা মাপারি কয়ানা
মালেম থক্তা, মালেম মালেম শৈথাজবা।
ভক্তা কয়ানা মৈরানবীগুম্না থরাই-কৎচরি;
ভক্তাশিংগী ইচেন্দা, তাউজগে হে-রাম।

বাবর, অকবর হুমায়ুন অমরনি;
হুমলি মনম মালেম লৈকোইরুংদা।
কস্তূরি চন্দনগুম তইংলি
ইদকী-চান্দ গুম তনৌ তনৌরি।

মহম্মদ ঘোরিনা তুর্যোধন শাইওনবা
কুতোব উদ্দিনা কর্ণ ডাটা ওইরিবা,
অলেকজেন্দরনা ধৃত্তরাষ্ট্রা শাগোলিবা
পুরুনা পান্দোবকী ভীষ্মাবা।

## অনিশুবা শরুক

জয়শিংহনা অভীমন্যু শায়েংনবা
মজাতীগী মথবায় খুবাংদা হাপঙম্বা
ক্ষত্রবা যোরিংগী কুৎনিংভি লোম্নশিন্নবা

ইরান, ইস্রাক্কী ইচেন ইরোম্নংদা
ছিম্বুক,স চাংজাও তম্না চংজরকই
বাখল মঙা তরা খন্না তপন তপনা
অর্য্যনা অর্জ্জুন ওইনা লানদারকই

মৈ ঈশিং স্থুশিংনা য়ুক্কম ওইরু
ভুমাং খেন্নোংদা শকমাই ওইবা
মাপু মাগী খুয়াদা লখোকচরি।



# কহামাং খুজাই

কলায় ঐগী, কাংখা লিক্লী
করিগুম্বদা তৌবনি, করিগুম্বদা ঙাংবানি।
খক্লগা পেক্লেদো; মুংঙাইবনি খক্লেদো;
ইখল্লা জল্লালি, ইথল্লা মিনমলি।

চিঙলি-চুপলি ফুমিন-তুমিন ক্ষোইকপ-ক্ষোইকপ;
নত্তবা কয়া তৌগ্নি, নত্তবা কয়া ঙাংগ্নি;
মীনা তৌনৈ তৌগ্নি, হায়নৈ হাগ্নরি;
ঙংবদা ঙংতোরে, শাইবদা শাইদ্রংলে :

অপং-মাপান খোক্লে তুরোই ঙারোইরে;
সান-মহি; ঙাওরে, মপান খোক্তোরে,
অলম-আহা চুরে, মীতোপ হল্লাউরে;
মৈতৈ-পুম্বা তুরোই ঙামলোয়রে।

মীতোপ পাল্লগে, জগোয় শারগে;
ম্লাস-লিলা কংকে, সোকা শংঙ্গে
মোইরাংপ'ষগী চাওবা খোংলেপি,
কংলুপভি দুর্বোধগী মল্লা টৈবাক্তি॥

লৈঙাকলোন শৈরেং

**অনিঙবা শরুক**

কোরসু, কাইভসু থবক কংবনি
পলানিং হৈবনি, প্রোপ প্রোপ ভুবনি ॥
ধর্ম্ম লৈভবনি ঙাকলৌ লৈবনি
গোবীনদবু গো গো লাউহনবনি ॥

( + + + + + )

# কবি-শাবা

লাইনিং লমথৈ, নুংশি লাংনি
রাজ-নিতি, কলক মিহো লম্বীনি;
মান্নদে মান্নদে য়োংনা তিম্থোক পায়বনি
কোংপনি কোংপনি য়োংনা ঙারি।

স্বামী-মুনিবু, প্রজানি নিংদ্রবা;।
ত্রিশুল-পায়হনা, চেবাংদা খোংলিবা;
মহাদেব শাহনা, দুর্গাবু নিংালবা
ধনদম্বা ভোংলগা কবি শারিবা।

ধর্ম্মগী-মিংথৈদা কলাদা কালি তৈরিবা;
অঙৌ-অন্নাক, রক্ত-থিরক্ত কয়ানি
শংখরবা, মচু কোকতমদবনি
ধর্ম্মনা জগৎ-শেম্বনি অধর্ম্মনা নরকনি।

## অনিশুবা শরুক

মহাভারত, রারী লাইরিক,রারক-তায়ান অচুম্বনি;
রামায়ন, রতনা করমী লব-কুশ নিংথিজৈদো
রাত-পা দবা থম্বা-থোইবী শৈরেংনি।
শায়োল্লি কলিগুম, কাল কুত্রনি।

রাবন-রাজ সভাদা পণ্ডিতনা লৈতংখি
ময়া-মরিচকা লোনম লাংদা মাংখি-তাকখি
পণ্ডিত বাভাসন, রানী মন্দোদোরানা থংখীদো
সনা লঙ্কা য়েক্রবা রানদগী কনথীদো।

অথুম্বা য়াম্না চামল্লবসু তিল হৌবনি
কবিগী কবিতা রাখল লোকোন্নি
ইতিং রদি শুম চাদবনি
ফাদোক্রা ফরাশা চেকশিন্না চেকুম পা।

থম্মোয় প্রেমগী ইহুল হুম্রবা
কবি কনাগী কলম্না মরোনগবা
মুর্তি ওইনা লেপলোই অমুক
প্রেমতনা জীব-শক্তি হাপওম্বল্লি।

( — + — + — + )

অনিগুবা শরুক

# পলেম লমন

পংলগম্ন নহা-পাখঙ, পাংলো পলেমগী;
পেলহল্লো পম্মোংগী পম্বং য়ৌনবা;
পনথোদি পলেমগী লমন তোল্লি;
পাখং-নহা শিংলরো পলেমগী লমম।

পলেমগী থম্মোয়-জুংদা মুখরে;
নত্তবা ধর্ম্ম মৈনম হেন !
শল্লোরক্লো পারি, পলেমগী চৈনা;
লুংশি উরিক্লা পলেম সেম্বানি।

কৃষ্ণ কনানো " অচুম্বা " ভাক্লৌনি
রাধা কনানো " লুংশি " শক্তমনি
গৌর কনানো ভাষাদবা তমকানি
পাখংসা কনানো, পুম্নমক খংনা উবনি

মঙাং, লুরাং পুমন তাক্পী উথনি
ইপু খোংনাং থাঙ্গোল-লুখোই শুক্কনি
শুক্লশিং ম্যারৌ থাপাউ শিঙ হিদাক্কনি।
খক্কলসি শিঙ চৌদাক ধীংলগী লমন

অনিঙবা শৰ্ম্মক

# চুনদ্রবা চৎনবী

মতমগা চুনদ্রা চৎনবী
মীশিং য়ামদ্রিবৈঙ চৎনবী;
চায়াম্নবা খুঙ্গাঙনবা কমজ্জাঙনবা
অপং–মরল, অশিংবনা চাজবা
মিখা–পোল্লিবৈঙ, লৈয়েং ফাইরিবৈঙ ।

অশুয়া নমদুনা, চৎহনবা রাজনিতিনি;
ধৰ্ম্ম–নিতি নত্তে, রাজনিতি নমহনকনি;
ঙসি লৈখা তাবা ধৰ্ম্মনিতি কায়বনি;
রাম–রাজ্য–নত্তে রাক্ষ্যশ রাজনি;
লৈদুনা কাবা ভোৎ, অধৰ্ম্মা ।

মালেম্বু হুলানবদি ঈশ্বরগী মিংথৈদা;
মালেম্বু চৎনবীদা কাংঙৌ ঙৌবীনু,
মালেম্বু মৈন্নুংদা লংশিনবনি অফ শাবা
মালেম্বু করি অদুক ৰারৌবা
মাথা পোলিবৈঙ নর্দ মুনি ও

চৎনবী তেরা মপাল শারে,
লুহোং–পালা শোরাৎ–হুংলাৎ ফুমনোমলে,
পালাগী য়ামাহ, ভেসপা, কোনদরে
ফাংনবগী ফাংনবা হায়দোক হায়জিল
বামোন কোনৰরে উসব-মেলা তেংবাংবীয়ু ।

অনিঙবা শরক

ঐদি বামোন শাবা ঙমজরোই ইকাইজে,
মীরোলনা শৈহেকচবা ঙমজরোই প্রেম পোক্তে
স্বপনবা শুগৎপদা নোক্লিংঙকই খাংবদা ম্বাই
অদোম্না পেবা উরা নোক্লিংঙকই থিক থিক
ঐগী ইতৌ উরগা নিংঙমলোই।

( +++++ )

# নম্নথাক লাইনিং

ঙসি ভারত লাইনিং
হোদোং লম্বোইবনা শরি শোনগুম
উচি পুন্নমক উচিন নাচিন মাংদোরে।

কামতুহাগী অমৃত শঙ্গোম
মতুপুবা লিলশিংনা কামশিন্নি
থরু থরুরগা থোইন হেনা লাইকন্নরি।

ঙাকাবগী খোইদা থুরবা ঙাগুম
চিংখৎলা লৈরাইদা খপ খপ চোংলি
ঙারেং-চৈনা থুপলেং লেংলি।

লৈশাক্লোন শৈরে 

অনিশুবা শরুক

থারো মারো মৈমুংদা চোংলি
কারুম কারুম মকু ছুরে
পুংতোয় তোয়রে তাঙ্গোই শুল্লে।

( —————— )

# চৈস্ত

চংনবিনা চপথায়রে শরু শয়াং;
শেংলে, শেগাক কায়রে য়াইফোরে;
মথক-মথা ওল্লে, থা-লাই খংদরে।

ঈগী নোংচুরে, মৈগী নুংশিংনে;
ওাইবং-অসে, অরা মৈশা লাংলে;
লংখাই শিরে, অর্ধঙ্গা ওল্লে।

নকোক্লা লৈপাক্তা, মখোং শলংকাক,
লৈপাক নিংথৌ তাক্লনি উখি ভীষ্মা
অচুম্বা মশু মঙানা জয় ওইরনি।

হিন্দুনা, হিন্দু ওইদরে হিংচারে;
থাজবনা লাল্লে, অনম্বনা শুক শুরে,
ঈশ্বরগী মিংদা ফমলি ফমগেন।

কৈশোৰকলোন শৈৰেং
অনিশুবা শরুক

চৈংঙাক্লা ঙাক্কনি, নৌনা নৌথনি,
চৈশুনা চিংগনি ( শুগনি ) অনান লপী
অনৌবা ফিজোন, অমত্তা ওইবা

---

# চাররোই থক্লরোই

কনাসু চাররোই কানি-ফোর
কনাসু থক্লরোই, অঙৌ-অরাক
ঙাক্লৌনা ঙাক্কনি ইনৌদা নৌথনি
কোরতাম্না কৌহল্লোই মাঙ্গংনা মাংহল্লোই
হেন গনি হিরেন হিয়াই ইরোইনংদা
চৈংঙাক্লা ঙাক্কনি চৈরোংনা য়ৈথনি।

পুবা ঙাক্লা পুমলোয় লোয়রে:
পুক পুরে, লোনপুরে, লময়ৌরে।
কোক ঙাওরে লাইহৌ হৌরে লাইকংলে।
লাইথি ফাইরে, লাইভং ফারে, খুং য়ৌরে।
লাইভংদগী হেনকয়োই, লিথাইদদি লৈত্রেমনি।
চৈখেৎপীদি চুম্মনি, মরিন হোদবনি।

অনিশুবা শরুক

ঙাক্লশি ঙাকলৌনা, কোইদৎলশি কোর
খংদবগী ঙাওবনি, চাকপনি মৈরিনা।
নত্তবা লোল- লাইনিং লাইশোন্নি
কোন্নতান্না কংনা কংকৎ কংকনি;
পুংদা মাইল কয়া চোংগনি
হোলি হোলাগী লাইবুং নত্তে
অহল লমন্না পিজবা কোন্ননি
মফম ময়াং খংদনা প্রেম চুপনি
নুংশিবদি ছনি কাউরি ইরাংদা
কৃষ্ণ কনানো রাধা কানানো
ওইবনি লৌরি ময়ানি কাওরিদো
অরানবা চৎনরোন কোরনি কোরনি।

# শাথেক অহুম

থক্লগা চারগা, পেল উরগা ফংলোই "শান্তি"
ঙাইহাক্তী য়াইবা মৈফু কোনবদি পোকপনি
" অচুম্বা নুংশিবনা." ফংগনি, "শান্তি," ফংগনি শান্তি
অক্কবা সজ্জ মাত,-প্রেম শান্তিনি, শান্তিনি।

## অনিশুবা শরুক

মালেমদি শক্লোন অহুম পুবনি,
পুন্নমক মহাক্না শেম্ববনি ঐসু মাগীনি।
মীগী-পোৎসু ঐগীনি মিহৌবা অরানবনি।
মীগী মপোৎসু লুনা চান্না তৌগনি।

মাতৃ-প্রেম, স্বদেশ প্রেমত্তনা শান্তিনি,
শান্তি ফংলবা অরান খুভমনি,
নম্ববা বাখল, নিশানা ফংভমদে " শান্তি "
হোম সোপনা অজ্ঞা পুজানা ফংদবনি।

সিনেমা, ড্রামা, অকে-অনৌনা ফংলোই মহাকসু
কৃষ্ণ, নাম মন্ত্রনি
জগোয়-ঈশৈ কলা কয়ানা করেমন উদবনি
অচুম্বা, নুংশিবা; অপেনবা তৃভঙ্গ মুনিতিনি

( ————— )

অনিঙবা শরুক

# তুয়েণ্টি প্রোগ্রাম

পলানিং পলানিং তুয়েন্টি পলান,
পলানিং পলানিং ফাইভ ইয়ার পলান;
পলানিং পলানিং থ্রি ইয়ার পলান
পলানিং পলানিং বান ইয়ার পলান।

তুরে তুয়েণ্টি পলানিং পলান
ফাইরে ফাইভ ইয়ার পলান
থ্রীরে থ্রী ইয়ার পলান;
বান্নরে বান ইয়ার পলান;
পলান্দী য়াংবনী অয়াং-লৈমানী
অয়াং লৈমাদি উচী কাইদোংনি,
উচী ধর্ম্ম, চোংহুনা চোংহুনা চাবনি,
উপান-ৱাপাল অঙাংন্নুবী উচীনা চিক্লী।

অচুম্বা উপান থাবীন্নু, থৌজান ইরিক্লা,
লেংজ্রবা জুংশি-প্রেম খিকপীন্নু
হৌগনি মিনিৎ অমত্তা, চোংগনি মিৎকুপ্তা,
ৱাজগনি বহে-মরোং পুংজাবা।

(+++++++)

লৈঙাকলোন শৈরেং
আনগুবা শরুক

# লাইকোক খিশি

স্নাররোই হঙ্গর ট্রাইক হঙ্গর ট্রাইক;
চাক-থাক পিদরে, মন্দিরগী উকংলাই।
থানা গুপারি থিবিয়্, লাইয়াম কয়ানো।
চেংয়েনস্থ পিদা করম্না থক্কনি, চা, চিনি;
তলবস্থ পিদা করম্না সেবা।

ঙসিগী কংলৈদা লাইয়াম কয়ানো
উমংলাই কয়া, লাইফাও কয়ানো,
করি লাইনা খুাইদগী চাউবনো
মাইবা-মাইবী মাশং কয়ানো।

মীউজীয়মদা থম্বস্থ খীনফম লৈররোই
গোবীন্দ, মান্দোপস্থ, লাইমাংনি হায়রনি
পুরান পুয়া মাংখি পাইখিবগুম
কংলৈ-লাইয়াম লাইরৈবাক্ত তমখনি।

# অঙাং-মহৈ

অঙাং, করি মহৈ তমগবা;
তমদুনা লোয়খরে. গর্ভর-নুংদা,
মৈদা ইকপা অভিমন্যু গর্ভ-নুংদা;
আর্জুন-সুভদ্রা মপারি করি শোয়বা ;

মোংবা ইরান য়াইনা শিন্দমশংনি;
মামা-মপানা ওঝা গুরুনী;
ক্ষেতুকীনা কেতুকী মওইদো;
নাত্তোন চাবী বর্দীংস্থ, রানী-গুলাপ মওইদো।

তমলগা-তারাগা মালেম করমনা
অমর অমৃত বারী, লাইরীক্লা
নুংশী-কল্লী, অচুম্বা করম্বা
অজয় অমর, ধর্ম্ম লৈবা।

ধর্ম্ম-নীতীনা রাজনীতী মরোল্লী মরোম্নি
ধর্ম্মনীতী চুমলবা মালেম রাইকবনী
রাজনীতী চুমলবা মহৈ মরোং চুম্বনী
মহৈ-মশীং চাউখৎলবা, মালেম চাউখৎপনী।

লৈঙাকলোন শৈরেং
অনিশুবা শরুক

" অঙাংদী নীংথাদা-খংই " হায়নৈদো
থারা নালা য়েংনরী ঙাইশেল থীনরী
শাফরবদী বুধী লৌশীং চাওখৎলী
রাশী গুন লৈরা ইকদা ফগনী ।

পোং অতুগী জীব শক্তী কৃষ্ণনী কৃষ্ণনী
শক্তী অতুনা অপুনবা জগৎ ওইবনী
মহাক অতু কানানো খংজবা
অসী পুম্বা " মহৈনী মহৈ "

# মৈতৈ নহারোন

হৌগৎলো মৈতৈ, শাহৌরে জগোই;
পলেমগী সেবা, ভৌহৌয়নি পেম্না;
শাথেক অতুমগী লুংশিবা শকুমনি;
লুংশিরবা পঙ্কম স্বরগী খোম্থাংনি ।

ইংলবা-তপলবা মহাক্কী মায়থোঙনি,
কৃষ্ণ, কৃষ্ণ লুংশিন্বা কোলোয়নি
স্বর্গ-পাটাল, মর্ত্যগী শাথেকনি,
লুংশিম্বা, অচুম্বা শিনহৈবা শাথেকনি ।

জনিগুবা শরুক

মালেম অসে পল্লেমগী শায়োল্লি
অশং-অমান কয়ানা স্না কিংগেনি,
লেংলি-লেংলিবা হানৌনা খোড়া চুরানি
মালেম মাত্তনা অচুম্বা শক্তমান ॥

প্রেমগী শৈজা শেমলশি মালেমদা
লৈমায়োন্দা পাল্লসি ইংনা তপনা
নুঙশি লথাঁদা অচুম্বা উরোং খিল্লশি
অপাম্বদি ফজবনি, নুংশিবদি অচুম্বনি ।

( ++++++ )

## বোকুল পরেং

সন্ধ্যা আতিগী মতমদা;
মালেম লৈকোয়-পুং অসিদা;
হরি,ধনিনা পুমনিল নিল্লি ।

কাংশিগী মথোন শরিক্কী নুংশিরবা খোঙ্গেল
হৈনম লৈনম ধুপ-বর্তীগী গন্ধ।
মালেম, শিনরবা থুংলে মকম খুদিং ।

অনিশুবা শরুক

কৈশামথোংগী, থোংথাং মচিদা;
শংবানবা লাতোন্দ, বোকুল-পরেং অনিনা,
নপারি কনাদা, নামিবা গন্ধা পিগবা।

মুৎলিবা পোদোন মৈরাদা
পিরাং লাইজা ইহৌনা
নপারি কনাবু য়েংলিবা।

নচা ঐভোন্দা শিন্নবীয়ু বোকুল পরেংদো
ভক্তা খাওন ওনজগে প্রেম-ভক্তি শ্রদ্ধদা
লৈহনবীয়ু নুংশি গন্ধা মতম পুম্বদা।

লৈজদেদো, লিকোন-খুজিং-শেনখায়
পস্থৌনা পিবা খুদৈশেন মখায়নি,
বোকুল পরেং, শিন্নবীরে। নচাদা।

চাজনিংদে গৌর-মিথায় শেংদবা;
হায়নৈদো গৌর-মিথাই মিশিনি;
কিজেদো তুমডুনা শিগদৌবা মৈতৈ

মৈতৈ মনিপুরী, করি খাকলমদা,
গৌরগী মিংদা চুপলি 'ঈ' গৌর মিথায়গুম,
মৈতৈ তুম্বা তারে, মনিপুর কদায়দা।

ঐগী লৈজবা মখায় চৎপিনি,
য়াম্মী য়ামদে শোনবীয়ু
পলেয়া পেনবীয়ু পেনবী হৈবী॥

অনিশুবা শরুক

# ঈশিং ঈচাউগী

অহাংবা লৈখিদরে, মালং আতিয়া মমখাগী,
হুমিৎ শিংবুম ভরেৎনি, শুমহাং হাংদরে নোং ও!
চহি ভরেৎ খুনতাকপগুম, খা-লাই খংদরে।

নিংথোম থোংজাও, নোংপোক নোংচুপতা,
ইক্ষাল তুরেল কায়রে, ঈমা ইমা কপনরে;
ষনবা-যন্নাউ, অঙাং-মুবী লুপখরে তাউখরে।

মনিপুর লম্বীথোং পুন্নমক, মাপান লমগা শমন্দরে,
চানিংঙাই শেৎনিংঙাই লৈতরে কাংখোং চাইরে:
শেনজাও পায়বা মহাজন্না, পুক্কে শো লোনখরে।

অনানবা লম্বীদা কোক্তা ফরুচেৎ, নম্বা নম্বো পো
খাংদা খাংচেৎ খুত্তা চৈগু য়াওদ চৎলিবী;
পলেম নহাকপু মনিপুরী পুলেম্লা।

নচাগী কোবথক্তা শিনরীরো নম্বো ফকচেভো
মফম কৈদা ফক্কচেৎ নম্বো থাজোগে
পলেম্না পাম্বদা তাকপীয়ু সর্গ-মৃত অনিদা।

নিংঙমদরে শোল্লবী য়াক্ষংবী ইমা
করিগী নিক্লী, কপলাক থক থক্ক
পাইমা লৌশিং লাক্কে শামু পাঙ্গল্লে।

পিনবিরো নচাদা নুয়াপ্পং
চুম শোজাও হাংজরুরগে
শিংজরগে ইমাগী লমল

অনিশুবা শরুক

# চনিং তাবীয়ু

ইবুংঙো ইবেম্মা অথোই-অহেন পুন্নমক
তিলাং খেদাবীয়ু, চনিং তাবীয়ু;
চীংঙু-পামেনসু কুনওন য়েনিং চোংইদো।
তাংজা-লিনসু অনৌবা ফিজোল হোংইদো।
অথং-অহৈ তাইবং মীওইবা;
নাতোন-চাবী লৈরাংনা, রানী গুলাব শায়োল্লি,
ফৈজোন থোংদাই-থদাংচেং, অনৌবা শুং-তাই;
ওইহনবীয়ু অনৌবা ফজবা মালেম য়াওল
লৈথা-তাবা, অম্বদা চংপা চংনবী"
ঙশাই হাখিবা হৌজিক খংলবা মতম,
করি খংদনা চংনবী, হায়না হুম্না ঙাওরি,
মাইবী চংবদি তাইরেন-মশা কন্না কন্না কনবীয়ু।
বঙ্গ, ব্রিটিশ, চিকনখি মৈরা হৌনখি;
মনি মুনখি, মনিপুরদা, পুযান মৈথাখি;
কোকলি লু, অশো-থামাগী চুরা মনিগুম
অর্জুনগী চেননি ঙসি মৈতৈনা লৈথা তাবা
থনঞ্জয়বা বার্থললোন পুম্বা মমপ্রে
লৈয়েং লৈতোল কার্টিনা চপখরে
চখাউ-মেংখরে, লৌরি-য়ুমকম মুনখরে
অশোথামাগী তেন্না উত্তারাগী গভরম্বুং নবাগুম।

অনিশুবা শরুক

# চাক-ঙা, চাক-ঙা তুদোঁরে

ৰারে জগৎ, নিক্লে মালেম,
রথকী চকা, ওল্লে থরো,
তংতৌরে, থোঁরিরি, প্রেম্না তাঙ্ষবা ।

"চানবা লৈতে, তখেন্থাং,
নোম-নোম শগাইত্তোং,
স্নিম্নবা য়াংবনি, চামিন্নবা হাউবনি ।

জগৎকী অরাবা খাঙুনদরে, জগন্নাথ,
চন্দ্র-বদন রহুনা উমখরে,
খাংবীরি অরাবা খুক-খুদক কুন ।

মচন-ইবেম্মা শুভদ্রা, দাওজী বলভদ্র,
মবুংঙোগী শেবা ফংঙ্গরি,
অরাবা শরুক য়াবীরি জগৎ কৈোলালগী ।

যঙ্গেন-নহা-শ্রীকৃষ্ণ,
কালিন্দ্রি হুনা, কাহৎখরে অঙ্গ পুম্বা,
কানদ্রে হোংনজবা, নিংঙ্গবসু থুংঙ্গরে ।

নন্দ-যশোদা, ব্রজ-পুম্বা, পুমোম্ম নোমলে,
মবুংঙোবু থিঙ্গরি, থরো-খরো ওল্লি,
প্রেমগী-লিচিংনা-অমতা-ওইঙ্গনিংই ।

অরিওবা শরক

## "শুদ্র"

তোল্লি, তোল্লি লাইর মপোক,
লৈতে হুম্না য়েংবদা তুং-মাং
নিংঙমদবা মৈনা চাক্লি একলবা।

লাকখি ৰেরৌ নোংমা,
ভক্তি-প্রেম নিজখি,
জগৎ ব্রহ্মাণ্ড তাকপিনবা।

রাজ-দণ্ড কিবনা
লোথুপ ৰাহৈ কাৱননা,
লৈতা-ফিজেৎ শুদ্রনি

"য়াদেদো লৈমা শিজা কানি
অতোন আতা চংফদে নাসুংইদো
হৈপাই-লৈতে ঐস্থ লাইরা মচানি।"

"নংগুম্না চংজররনি দ্রুপদা নিংখোদা,
তাকপীরকখি " কদায়দগী অঙাংবা ব্রামহন্নো ?
অচাউরম্না মরুপনা মীরাইবী।

পিরাংগী 'শৈরেং' থম্মোয়না থংনখি।

## লৈঙাকলেন শৈরেং

### অনিশুবা শরুক

খোংবী মরু লুক্কা মিত্তা পিরাং,
ভাংজ লুক্কা লাইরা খাংপোকশংদা

দ্রোনগুরুগী মুংশি প্রেম্না থম্মোয় থুমখরে,
লৈখোমগী গুরু, থরায় হাপথরে
য়েকচরি রাখলগী তুরিনা মিৎস্না থম্বাল।

মিৎলু পিরাং ইহৌনা ভক্তি কৎচরি,
খাংঙমদরে ভক্তিদা মণেক ওইবা থম্মোয় কায়বা গুরদা
"করি পাম্মী নিংবা থুংজরো ননাক্তগী লেংলরোই।

হিক্লা হিক্লা কপচরি, নিংবা থুংবদা,
মপোক মহৈ য়াল্লে
মালেম সেবা ঙমগনি গুরু কৎপানি।

অহিং মিশেনখাং, চাবা মচেৎ,
নৈনখি ধর্ম্ম-শাস্ত্র লৈঙাকলোন,
খংলবদা পুম্নমক কৎখি খুবী মরোমদোম।

—০—

লৈঙাকলোন শৈরেং

অনিশুবা শরুক

# চংনা স্বর্গ কাবা

অচুম্ব লৈঙাক, ইন্দ্ররাজগী ইন্দ্রপুর;
চংন কাজরুই স্বর্গ ডিং-ডোং ওফিস
অচুম্বদা তাকপীরর্কই হয়েং লাকউ হংচিং।

ফজৈদো জগোই শাবী পুংয়ৈবা ময়ামদো,
অচুম অচুম্বদা ঙাংনৈ, ঙারাংগী সিনেমা;
কাংঙৌ-শিংজু, শোরাৎ-নুংলাৎ খুদৈ-শেন।

মীওইবদি ইন্দ্রপুর য়োবা য়াদে,
অয়েকপা নক্লা য়েংবস্থু য়ারোই
চপ্রাশি, লাক্তি, দোলাই-পাবা পাইরক্তি।

চাউখরেদা শাংখরেদা অকি তুজুংনৈ;
মিংচিনবু লৈত্নুনা য়েংঙকপা ব্রাম্থনৈ,
চা-চুরূপ-বেড়ী জারদাদা ব্রাংখৎনৈ।

ইবুধো ব্রহ্মানা পিবীবা বরনিং
চহি কুমজা কয়া ওৎলুরো
চাউইদা শাংজিদা ব্রহ্মা অশুপ্পা।

অহানবা শরুক

# য়াইবুং ফম্বা

করি খংদা নয়াম্বনি
হায়নৈ অভাও অপংবনিঃ
ঐ তুমিন লৈবনি,
নভাও, ইভাউ য়াইবুংনি ।

ফনলোরাউ ভানরগা থেক্কনিঃ
শারেদনা য়াই ফংগনি
অতোন অভা শোগংপিনি
নাপল বাতোন তেমথোক্কনি ।

হৈনদে গঙ্গ-কানি অভাওবা,
অভাং-অচৌ য়াদবনি
ফিহুপ অহুম থোঙ্গাইনি
শ্বর সাধন য়াদা মৈহৌবনি ।

অচৌবা য়েরুম কোনবদি
কায়রবদি ফি মাংবনি
অউবা খুদিংমক ঈশ্বরনি
পুন্নমক মালেমদা তিনবনি
মালেম কনখনা শেখানি ।

অনিগুবা শরুক

# ময়াম্বা নিংবা ভরত

হোরাম, ঐগী লাইবক অসি
ওহোক্লা থিনা তমখরেদা,
মফম কৈদা লেংগুবনো;
ননাউ ঐঙোন্দা তাকপীরম্মু;
ইমানদি ইবুংঙোদা লংজগ্নবস্তু,
ননাউবুদি মুংশিবীয়্ হো-রাম।

ইয়াম্বাগীদমক য়েক্লা তিংখং লৈতন্দবা,
ইহৈবুদি তমজবা চৎহল্লুবনি,
পাইমা লৌশিং থেনবি ইমানা,
মীরাগবনি ঐগী মনিবু,
থবাইনা থারবস্তু সিংহাসন্না কেমলদস্তু;
থাদোকচবা ঙমজরোই ইবুংঙোবু।

পাজদে রাজগাদি ময়ানি;
পিবিরম্মু পদ্রুকা ইবুংঙোমক্লি নিংজনা,
মহুবা মিংচৎ-মাইখল হাংদোকপিরম্মু,
কন্দবীয়্ কনা-নৈত্রবা ননাউনি,
নহাক্লা থবায়নি অযোধ্যাগী;
মুর্ত্ত ৱপু ফোনবীয়্ রঘু-মনি।

